Sh. Mangee Singh

# মৈত্রবাক্কী মুক্তা কাঙ্‌জৈ
অমসুং
# শগোল কাঙ্‌জৈগী হৌরকফম

শ্রীশোকচোম কমলসিংহ

# শগোল কাঙজৈগী হৌরকফম
## অমসুং
# মৈত্রবাক্কী মুক্না কাঙজৈ

ইজবা

শ্রীখোকচোম কমল সিংহ
ময়াংইম্ফাল, কোঞ্চাক

ফোঙদোকচবা—
অইবা

অহানবা ফোঙবা—জুন, ১৯৮৫ ইং
কোপী ১০০০

মমল—লুপা ৫.০০

মত্থ পুন্নমক অইবগী—

নম্ফম—
দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস,
ইম্ফাল।

# য়াৎহৈ খরদং

মৈতৈ জাতি মীশিং য়ামজত্রবস্থু মশীং হায়ওমত্রবা চহী কয়াগী মমাঙদগী লৈরক্লবা জাতিনি হায়বসি অদ্বিবা পুম্না কয়ানা তাকই। মফম অসিদা লৈরম্বা মীওইশিং হীয়ম শুদিংদা অয়াংপা লৈতনা মশাবু কঞ্জনবা মহৈ-মশিং, শব্রিৎ-শয়াং লাইনিঙ লম্বীগী য়ারোল সাহিত্যগী মচল মখল শুনা লৈরকই হায়বসি হৌজিকী কুনগুবা শতাব্দী অসিদাদ অয়াম্বনা খঙনরবা য়াকমি। মফম অসিগী মীওইশিং কলাবিত্তাদস্থ থোইদোক্লা শীংথানিংঙাই ওইবা মরম্না মৈতৈ জগোই রাস, পৃথিবী শীনথুংনা খঙনগ্রবনি। লোয়নন্না মফম অসিদগী হৌখিবা শগোল কাঙজৈ পৃথিবীগী মনুংদা থোইদোক্লা মমিং চৎপগা লোয়নন্না বৃটিশ অফিসারশিংনস্থু শগোল কাঙজৈদি মণিপুরদগী হৌদোকখিবনি হায়বসি এন্সাইক্লোপেডিয়া বৃটানিকাদস্থ পল্লি। অস্মুম্না লৈবাক অসিগী মীওইশিংনা অতোপ-অতোপ্পা হীয়ম কয়াদা নৈনরকপসি উবদা মৈতৈ জাতীগীস্থু মুক্কী কাঙজৈ অমদি শগোল কাঙজৈগী ওইবা লাইরিক অমত্তং পুথোকচনিঙবনা মরম ওইদুনা ইপা ইপুশিংগী টাবুদ্ধুংদা লৈবা য়ারোল কয়া য়েংজরগা হৈবোই-হৈতবোই খোংচিঞ্জদুনা মতম কয়া লীদুনা থমজরবনি অদুবু লাইরিক নম্বগী অরা-অনা কয়াগী চৈথেংদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা শেলগী মতেং পীবিবদগী লাইরিক অসি পুথোকপা ঙমজখি। মসিবু থোক্লবা হোৎনবদা

শ্রীযুম্নাম অচৌ সিংহ হেড পণ্ডিত য়িম্নাংলম গার্লস এল, পি, স্কুলগী ওজানম্মু য়াম্না তেংবাংবিখি। অসিগুম্বা একাডেমীগী কর্তৃপক্ষশিং অমদি ওজা অচৌসিংহকী মফমদা পুন্সিগী লম্মন তোনশিজে।

অমোইখদা হায়জনিংবদি মৈতৈ জাতিগী মরম্মি শনবিহুনা পুখোকচরিবা লাইরিক অসিদগী থায়নৈওেদগী লৈরক্লবা মুকাগী ওজাশিং, কাঙতেগী ওজাশিং অমদি শগোল কাঙজেগী হোৎরকফম্মু খঙজিনবদা কাম্নগনি থম্মুনা ষিবিরকপশিংগী মফমদা থবদুংদা ওইরবম্মু লংজিল ওইগত্রা খঙরুবনা লাইরিক অসি পুখোকচবনি— অশোয়বা অরানবা পুম্নমক্কি পাঙত্রবা ঐগী ইবামি তুংদা তাক-পিরকপা পুম্বা ফিগাউ শানা য়াজবগা অমুক চুমখোকচবনা থোৱাং তৌজগি। লোয়ননা হোৎজকী লাইরিক নখগী য়ানবা মতম অসিদা ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস মোইরাংথোমগী মেনেজর অমদি ষ্টাফকী মীওই কয়ানা বানানগী রাহৈ-রাতাগী অচৌবা থোৱাং লৌবিখিবসিমক পুন্সিদা শিংথমত্রবা লম্মন তোনশিজখ্রবনি হায়না লৌজখনা ইবৈবাকচাশিংগী মফমদা লাইরিক মচাসি লাংথোকচরি।

অহৈকা—

শ্রীখোকচোম কমল সিংহ
পণ্ডিত প্রবোধ, ময়াং ইম্ফাল।

তাং ২৪। ৬। ৮৫ ইং,

# মৈত্রবাকী মৃক্না কাঙজৈ

অমসুং

# শগোল কাঙজৈগী হৌরকফম

মৈতৈ লৈবাক, চহী মশীং হায়গদবা মতমদগী হৌনা লৈরক্লবা লমদমনি। লৈবাক অসিগী মীওইশিংস্না য়াম্না লিরবা মীওইনি হায়বসি মৈতৈগী অরিবা লাইরিকশিংনা তাকই। অসুম্না লৈরক্লিবা মীওইশিংনা মখোয়না মখোয়গী পুন্সিবু হিংনবগী লম্বীদা চঙশিল্লকপগা লোয়ননা মখল কয়াগী মনাংশিংনা অচৌবা থৌদাং য়াম্না লাকপনা চহী অসুক কুইরবগী মতুংদা লৈরক্লবা ঐখোয় মৈতৈ পুম্নমক নাংশিং অসিগা শাগোম্লনা হৌজিকফাওবা মুত্তনা লৈরি। অসিগুম্বা নাংশিংগী মখলদি জগোই-ঈশৈনা মরু ওইরবস্নু শান্ন-খোংনবগী অচৌবা থৌদাং কয়ানস্নু জাতি অসিগী মায় তাক্লরকপগী বাফম ঐখোয়না লাই হরাউবগী অচৌবা থৌরম অসিগী মতুংদা শান্নবগী মওং মখল কয়ামরুম তস্তনা উবা ফংলি। মসিমরুস্নু জাতি অসি থায়নদগী হৌনা মশা-মউ কনা, পাঙ্গল কনা, লৌশিং লৈনা হিংনরকই হায়বসি খঙবা ঙম্মী। লৈশেমজৈগী বাফম নত্তনা খুং-না পোকদবা চহী লিশিং ৪/৫ গী মমাঙদা লৈবাক অসিদা পানখিবা নিংথৌ কাংবগী মমিংদগী

কাঙজৈ কাংক্রম থোকথিবনি হায়বসি অহল-লমনশিংগী চিঙ্খাং মৈনা হায়নয়কই। অহুম ওইনমক খুঃ-গী অহানবা চৈকোঙ্গা পানথিবা মৈদিংঙু লো দা লাইরেন পাখংবনা লৈবাক অসিদা লাই ওইগ্রবা পুন্নমক্না চান্ন-চিন্ননা হন্নাউ তয়াম্না লৈমিন্নহুনা কাঙজৈ শাম্নরকথিবগী ন্নাকম ঐখোয় তত্তুনা ফংই। মহুদি :—

১। মার্জিং, ২। থল্লাংবা, ৩। ইরুম নিংথৌ, ৪। ইকোপ নিংথৌ, ৫। ইরোং নিংথৌ, ৬। নোংশাবা, ৭। য়াঙ্গোই নিংথৌ, ৮। নম্থুল লাকপা, ৯। থাংজিং নিংথৌ, ১০। লোইয়া লাকপা, ১১। থোইরি ফাবা, ১২। কৌব্রু, ১৩। ন্নাংব্রেন, ১৪। ওক্লুরেল অসিনি।

নোংপোক নিংথৌনা কাঙজৈ শান্নবগী কাঙজৈগী কাংলোন খিবিক্কী মরমদা তাকলে, লাইয়ামস্তু হন্নাওরে অমস্তুং মাগী মাগী লাম্বা পাগদবা লাইশিং শীনখ্রে। মার্জিংগা থাংজিংগা লাম্বা অমা পাহল্লে, ইরুম নিংথৌগা ন্নাংব্রেনগা অমা, য়াঙ্গোই নিংথৌগা নম্থুল লাকপগা, নোংশাবগা ওক্লুরেলগা, থোয়রি ফাবগা থল্লাংবগা, ইকোপ নিংথৌগা ইরোং নিংথৌগা, লোয়ারাকপগা কৌব্রুগা। অম্নুমা লাম্বা লাম্বা শেমহুনা মমায় মমাং (নোংপোক) ওনবা কাংবু অমস্তুং মনিং (নোংচুপ) ওনবা কাংবু শেমহুনা মথুক্তা কাঙজৈ অমমম পায়হল্লে।

অম্নুমা শেম্বা লোইরবদা নোংপোক্না লাইয়ামদা হায়রক্কই— য়েংউ নখোয় খুদিংমক ঐনা পায়ন্নিবা কাংক্রম অসি নখোয়না পায়ন্নিবা কাঙজৈনা মৈন্নহুনা, মায় নোংপোক ওনবা কাংবুনা অন্নাং

পাংনা মৈথংতুনা ঐনা য়ুংলিবা ফিয়ান অসি লাম্থোকউ, অদুগা নমায় নোংচুপ ওনবা কাংবুনা মথাগী ফিয়ান অসি লাম্থোকউ। লাম্থোকপা ঙম্বা অদুনা পাঙল অথোইবা, অঙম্বা ওইগনি অদুগা কাংজ্রুধিদি ওক্লরেলগা নোংশাবগদা ছুল্লগে।

মসিদা লাইয়ামম্ভু লোইনা হুয়াওরে। হুনবীয়ো হুনবীয়ো হায়দুনা কাংজ্রুন হুলহুনখ্রে। অহানবদা মার্জিংনা কাংজ্রুম থুন্দুনা পুদুনা চেনখিদুনা থোমথরে অমম্মুং পাঙল চনখ্রে। মাগী লাম্বা থাংজিং ইকাইকৌরে। মথং মথং য়াঙ্গোই নিংথৌনা অমুক থন্নাংবনা অমুক চনখ্রে। মাগী মাগী লাম্বা ইকাইনরে।

কাঙজৈসে পল্লোল্লনি, অবাং মৈবনা থাদা মৈরনি, থাদা মৈশনা অৱাংদা মৈরগনি।

অমুম্না খোয়ুম্না ওক্লরেল অমম্মুং নোংশাববু ফিজেং অনৌবা মওংদা শেংপিরে; অদুগা লাই অতৈম্ভু মথোয়গা মায়বা মওংদা শেংহল্লে। মতম অসিদা কৌক্রু লাইম্নানা চংশিল্লক্নুনা লাই মচাশিংদা অথুম-অহাও য়েল্লরে। লাই ময়ামম্ভু য়াম্না মুংঙাইনরে অমম্মুং পেল্লরে অদুগা ওক্লরেলগা নোংশাবগম্ভু শাওনদরে।

পোথারবা মতুংদা খোয়ুম্না অমুক চৌগংতুনা মাগী মাগী লাম্বা পাননবা লাউরক্লে। ময়ামম্ভু য়াম্না হয়াওবা মুংঙাইবগা লোয়ননা কাঙজৈ শাম্নরক্লে। ময়াম্না য়াম্না মুংঙাইনা শাম্নবক্ত উরগা পেল্লদুনা হুম্নিংতুগীদি শাম্নবম্ভু লেপ্পসি হায়বদগী লাই ময়ামম্ভু য়ানরে। মথংগী শজিবু থাদা শাম্নবা হায়না লেপ্পখি।

অসুম তো়না থারনৈঙেদগী হৌনা লাইনা থোং কাওজৈ শাম্নবা অসি শাম্নরক্লবনি। কাওজৈবুংদা কাওজৈরোইনা শামবা চংবদা কাওজৈবুংদা থোবা, ঐনা ফম্বদা ঐঙোন্দা মতোন ওনশিনবা ম্নাপী অমা থেংনগনি, মচু ম্নানা চিক্লগা কাওজৈ য়াওরবদি মুমিৎ অচুগীদি ঐনা তৌনিংবদা তৌবা য়াই অশুম্না খজাশিংনা তাকপিরম্মী।

মৈত্রবাক্তা লাই হরাওবদা থোং কাওজৈ য়াওরিবা অসি লৈশেমলোন্দগী হৌনা য়াওরকপা মরমননি। অচুবু মতম থরদি হরাওবগী লাইরোন য়াম্নথিবনা থোং কাওজৈগী থৌরমসে লেপলুরে।

হয়িচক্তা মথক্তা পঙ্খিবা মৈত্রবাক্তা পানবা নিংথৌ কাংবা হায়বচুনা চৈ মক্ল অকোনবা অমা পায়চুনা মতুম তাবা পোৎ অমা মৈহুনা শামথিবদগী কাওজৈ শাম্নবা হায়বসি হৌদোকখি। অসিগুম্বা মশাম্না অসি হৌদোকখিবদগী নিংথৌ অচুগী মমিং লৌহনা কাওজৈ থোনখি। মসিনা মীনা শাম্নবা থোং কাওজৈনি।

মতুংদা মসিগী মশাম্না অসি মৈতৈ পণ্ডিতশিংনা পুন্সিরোন অমদি তাইবংগী অরা অনাদগী লাম্হোক্লুনা তাইবং মপুগী নাক্তা তিনবগী তাবকী মশক্কি হায়না হকশেলগী কাংলোন্দা য়াম্না সাইন্টিফিক ওইবা মওংদা মশাম্না অমা ওইনা পুথোক্লি।

থোং কাওজৈ শাম্নবদা কাংক্রম পুচুনা পায়চুনা পাঙ্গলকম তাম্না চেল্লকপদা কাংক্রম ফংহৌদবা কাংবুনা ফাজিন্দুনা থমনৈ। অচুপা কাংক্রম পুচুনা চেল্লিবা মীহুস্ন মাবু ফাদনবা কন্না হোৎনৈ।

কবিগুম্বা কাংবু অমনা অতোপ্পা কাংক্রেম পুন্থনা চেল্লিবা মীগী মমাংদা তুবং চেনবা চংপা য়াদে— থংলবদি কাংক্রেম খোম্বা ওইনা কাঙজৈনা কুদেকপদা কাংলোয়া য়াই। কনাগুম্বা অমনা ওইরোমদা কাংক্রেম ঙৈবদা অতোপ্পা কাংবুনা কাংক্রেমদু ঙৈবা ওইনা ওইরোমদা ঙৈরিবা মীহুগী মখোং ঙৈথেকপা কাংলোয়া য়াই মরমদি ঙৈথেক্লিবা মীহুগী কাংক্রেম ঙৈফম খোকপা মায়কৈনি. অদুনা কাংলোয়া মাবু কনখি। অদুনা মৈতৈ খোং কাঙজৈদা কাংক্রেম পায়খ্রিবা মীহুনা মনিং তৌনা পাঙ্গল চনবদা কাংলোয়া খুদোং চাবসি পীবা য়াই।

কাঙজৈ শান্নবদা পাঙ্গল মশীং অম্রুক শান্নগনি হায়বগী অকক্নবা অরেপ্পা মশীং লৈতে। য়ান্নবগী মতুং ইন্না শান্নৈ। অহুগা কাংবু অমদা ৭/৭ (তরেৎ তরেৎনা) মীচঙ ওইদুনা শান্নৈ।

মৈদিঙু লাবন্যচন্দ্র লাইরেল খোম্বনা খুঃ ১৭৯৮ দগী খুঃ ১৮০১ ফাওবা চহি অহুম নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমদা নোংমগী মুমিত্তা খু.ম্বাংচন্দ্রমনি, চৈয়াপকী অঙম্বনা লাবন্যচন্দ্র মহারাজদা য়ুম্বানবগা মরী লৈনন কাঙজৈগী কান্নবা য়াবী লিখি। চন্দ্রমনিনা মখা তাথনা মৈতৈগী খোং কাঙজৈবু য়ান্না থাগৎনা তৌবিরম্মী—লৈবাক্কী নিংথৌনা পুক্লিং মরা তপ্না ইংনা লৈগদবনি। অদ্ম লৈবাক্কী থয়াইদি নিংথৌনি। নিংথৌনা চাক পুক থগ্রগা লৈবাক্কা চাক তাংই। নিংথৌনা পুক্লিং মুংঙাইত্রগা, লাঙলগা প্রজানা য়াই। নিংথৌনা সনা পুক্লিং মুংঙাইরগা প্রজা য়ান্না মুংঙাই। লৈবাক্কী লৈরিবা প্রজা হাও, পাঙল, ময়াংগী অতোপ-অতোপ্পা কুম্মৈ কৌথংতুনা নিংথৌগী পুক্লিং মুংঙাইনবা তৌগদবনি।

চন্দ্রমনিগী য়াম্নী তারগা লাবণ্যচন্দ্র মহারাজনা করম্বা মখলগী কুম্মৈনা মুংঙাইগদগে, মহু পুম্নমক অঙম্বনা শিনবীয়ু তাকপি-রক্লবদা, চন্দ্রমনিনা মৈত্রবাক্কী কুম্মৈদি মৈতৈগী খোং কাঙজৈদগী হেন্না মুংঙাইবা অতৈ লৈতে হঙৈংখি। নিংথৌগী দশা তারক্লবদা লৈমাক প্রজাগী অৱাবা—ষণ, ইরোই শিনরক্লবদা মায়কৈ ঙাকপা লাই নিপান্দা কাঙজৈ কাংক্রেম শাহনা কংলবদি সণ, ইরোই শিবা কৈ। নিংথৌ অসিগী মমাঙগী নিংথৌরোন কম্মাগী হাক্তক্তসু কাঙজৈ অসি শাম্নরক্লে হায়নস্ত হঙৈংখি।

য়াম্নী পুম্বা তারবদা কাঙজৈ শাম্নহন্নবা নিংথৌনা অঙম্ববু শীম্নবা য়াথং পিরক্লবদা অঙম্বনা মৈতৈগী পানা ৪ ( মরি ) মকপু কোংলে—অহল্লুপ পানাগা খাবম পানাগা অহুগা নহারুপ পানাগা লাইফম পানাগা কাংবু অমমম শাহনা ইম্ফাল তুরেল লুথাইদা শাম্নহনখি।

মৈতৈ পোইবৈ লৈময়োল অসিদ নোংদা লাইরেল পাখংবনা পানবদগী নিংথৌরোল ৬৪ মহারাজ বোধচন্দ্রনা পানবা ফাওবগী মতুংদা মৈতৈগী শাদা লান্দা থৌবা অকন-অথৌ খরদং মথাদা ইঙরি। মথোয়শিং অসি মীচমদা ফাওথিবা ঙাক্তনি।

১। মোইরাং খোংলেন—অহানবদা লম্মাংদোংদা লৈরম্মী।
২। মোইরাং পুরেনবা—অহানবদা থুমন লৈবাক্তা লৈরম্মী
৩। খম্বা
৪। নোংবান

৫। থাংজবা চেকশা চক্রবানি চেক্লা খরং চেক্লুম্বা
৬। য়াম্বেম লাবা
৭। পনসা ছইক্রে হঞ্জবা
৮। খিয়া পুকচাও অথোবা
৯। করেন সেনাপতি লানঙম্বা
১০। শাপ্পা কিয়াম্বা লানঙম্বা
১১। নেপ্রো মেঞ্জর—ইংরেজ মথুত্তগী চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজবু
মুন্দুনা লোথোকপা ওম্বা
১২। নাওরিয়া তেলহৈবা—অকাম হাও লান্দা লৈবাক
লৌবা ওম্বা
১৩। চুড়া পার্থো—মাও, কোহিম লৌবা ওম্বা
১৪। থল্লাং পনশাবা সেনাপতি—লান্দা থৌবা অথোইবা
১৫। মানশাই—নোংশাগুম্বা
১৬। হাওবম অকোং—লান্দা থৌবা
১৭। থুমন লুপাংবা—পাঙ্গনবা
১৮। চিংজেন মারন পাঙ্গনবা—জিংরি লৌবা ওম্বা
১৯। অরাম্বা মেঞ্জর—লান্দা থৌবা
২০। থাংজবা মাইকুলি—লান্দা থৌবা
২১। ছইব্রোম্বা লাইস্না—লানগী লৈচিন খংবা
২২। পোলিবা লমথক—থাংগী লান হৈবা
২৩। হাংথৈ লথোন—লান্দা চনিং তাবা
২৪। য়ুমলেম্বম কোপেং—লান্দা থৌবা
২৫। লমথিল্লবা কৈরুংবা

২৬। কবো কোপেং—অথৌবা

২৭। শোরাইশোম শ্রীদাম—অথৌবা

২৮। পুখ্রম্বম তংকো—অথৌবা

২৯। লোইতোংবা যাত্রা – লাই চরাইরোংবগা মুক্না শান্নবা
ওম্বা মথৈদা হিয়াংনা হাংখিবা

৩০। চবুংবা যাত্রা

৩১। খুম্বোং চন্দ্রমনি—আনন্ত শাইদা তুখিবা

৩২। খুম্বোং নন্দলালা—অথৌবা

৩৩। ইরা যাত্রা

৩৪। শগোলবংদ শিনাইব—যাত্রা

৩৫। রাংজিং খুমন যাত্রা— অহৈবা লৌবোন খংবা

৩৬। লৈশং যাত্রা - জিলা দরবার চংশদা থাই লিতান শম্বা
ওম্বা

৩৭। থবী যাত্রা

৩৮। মোইরাং শাজৌ যাত্রা—লক্ষীপুরদগী কেরোশিন থাউ
টিন ৬ পুবা, তোংজৈ মরিল চীং লান্দুনা
মযুম মোইরাং যৌবা ওম্বা

৩৯। ময়াং ইম্ফাল অমু যাত্রা—মণিপুরগী চহি ৬ কাংজৈ
লাম্বাদা যাত্রা ওইনচুনবা লৈখিবা

৪০। ময়াং ইম্ফল হৈস্নাম তোলমু—যাত্রা

৪১। পাওনা ব্রজবাসি—লানদা থৌবা

৪২। য়েথোইবা মেজর—অথোইবা লাম্নগী মকোক

৪৩। কাক কৈথেল গৌরমনি শর্মা—মলবালা, অথোইবা

৪৪। চৌংতামথাগী নীলকৃষ্ণ শর্মা—থোংথোং মৈশিরবা মন ও মুক্কা জেমবুবু থুকউ কাওবা খাজিংপা ওবা

৪৫। কৈত্রম গুলাপ—যাত্রা

৪৬। ময়াং ইম্ফাল কোংখাম তোম্বা—অকনবা

৪৭। ময়াং ইম্ফাল বেঙ্গুল মহম্মদ গুলে—অকনবা

৪৮। খাইবিয়া তাম্রসিং যাত্রা—হুমিং ৪ নিদা চৌংলোন ৯ জিলা দরবারদা হঙ্গং-হন্দা চেনখিবা

৪৯। নহারুপ চমু—যাত্রা

৫০। নহারুপ লৈরেন যাত্রা—কাঙলৈ হৈবা

৫১। উচিরাগী বামোন অঙোবী—কাঙলৈদা মিংচৎ কাওনা চৎখিবা

৫২। থৌবাল হাওবগী লৈশম গুলাপ—অকনবা

৫৩। চাইরেন মৈনো—মলবালা অকনবা

৫৪। থম্বৌ সিফাই—লমজেল য়াংবা

৫৫। নাওরেম লৈকাইগী তুম্বা মকোক—মৈনবদা হনবা খাইদবা অফাওবা

৫৬। কক্চিং শেঙ্গাউ—যাত্রা

৫৭। কক্চিং নিংথৌ যাত্রা—মুক্কা হৈবা

৫৮। বাইখোম অহোং—যাত্রা

৫৯। লুখোই—যাত্রা

৬০। মরাং ইস্কাল ইমু যাত্রা—পত্তেং কিরাল কংশিবা
কাওচৈ মূমাদা কাওশিবা

৬১। মরাং ইস্কাল থোকগোম লাবা—মুক্তা থৈবা

মথক্তা মমিং পণ্ডখিবা মৈত্রবাকী অকন-অথৌশিং শা-
জান্দা থৈবা অথোইবা মীশিং অসিগী মখুন্দ পাক-চাওত্রে।

অহানবগী বয়ি চক্তা গুরুনা লৈবাক শেম্বা লোইরবদা ঙক্ননা লৈবাক ঙাক্লবা মচা পাখঙবদা লৈবাক পীরবদা মচা সনাহল সনামহিনা শাওরহনা মনাও পাখঙববু ঙমনবা রাখল তৌরগা লাইরিংথৌ মশামক্তা সমদোন লাই অমাংবগী মশক লৌহুনা শগোলগী মশক লৌনা শায়োন্দুনা লৈবাক পানবা ঙমদনবা মালেম নমখাইহনা চাইথাইরবদা মনাও ইবুংঙো পাখঙবনা লোম্না য়োংকী লাং থাক্লনা ময়াম্ববু লাংদা থুহল্লে। লাংদা থুরবদা পাখঙবনা চোংশিন্দুনা ময়াম্ববু মশা ফাগে হায়না হাওমুক্লা লেঙকাই চন ময়োংবা তাজিন থুরো য়েংনা মুক্লহনা নমহুনা ফানবা হোংনবদগী অমম্বুং মচিন-মনাও লাক্লবদগী মূক্লা হায়বা মহৈহসি হৌদোকখি। মসি লৈথক লৈথারোল পুদিন পুরাম্ব ময়েক শেংনা ইরি।

অসিগী তুংদা লৈম্নুং লোঙ্গা অরিবগী হাক্তক্তা লাই কাণ্ডৈ শায়বা লোয়রগা মনাই নোংশাবগা ওক্লরেলগা অমিবু শীন্দুনা সামহিগা মন'ও পাখঙবগা শায়খিবা মূক্লা অসি শায়হনখি। লাই অমি অসিনা শায়বা মূকাদি লে'রোন ৬৪ নি। লাইরিংথৌ নোংশাবনা নীঙ্গোং হৈনৈ। ল'ইরিংথৌ ওক্লরেম্মা লোংগ্রৌ হৈনৈ। নোংশাবনা নীঙ্গোং হুনথ্রবদি নমহুনা মথারে। ওক্লরেম্মা লোংগ্রৌ চনথ্রবদি নমহনা মহৈথরে। অচোইবা লৌ-চেপচিং, খুউথৈবী, লোংগ্রৌ থকইন, থুদোং থা থায়বনচিংবা লৌরোন ৬৪ মকম্ব হুনা হৈ।

থাং-তা থুংলাই য়াওনদবা মতমদা পীক্লবা মপাদল শোক্লবা মীশিংনা চাও-শাংলবা মপাঙ্গল কল্লবশিংবু লায়না লাকচবা য়াবা

ময়ুমদগী মৈতৈ অহল লমলমশিংনা মচা মতম্ চহি ৭/৮ ওয়াকপদগী লৌমা ওবা নাইনা মুক্না নিংথিনা তম্লীহুনা হৈহনখসি লাই হাক্তগী চংনখকই। অমনা মক ওইনা লাই হুয়াওবনচিংবদা হরাওবুংদা হায়দিনা খটে অদি শাররবনি।

মুক্না হায়বা মহৈসি মুপা অনি মফি থ্বাংদা তাথত্তুনা লৈংবরগা মথুং অনিনা খ্বাংগী কি পায়নরগা থোং অমসুং থুংকী লৌশিংনা মুরুহুনা নমহুনা ভুংহনরা হোংনবা লৌশিংগী মহৈনি। মীয় খোং-থুংকী লৌশিং মহৈনা মরু ওইনা মুরুহুনা নমহুনা ভুংহনি হায়বা ময়মদগী মুক্না কৌনবনি। তুরদি শাম্নরিবা অনিমক ভুনিংদৈরে, অহুবু মথক থংবা, নমহুনা তুরিবা মীহুনা মুক্না লৌয়ে (থারে) হায়রৈ। তুরিবা মথা থারিবা মীহুনা মুক্না তুরে হায়রৈ। থাং-চাওবা মপাঙ্গল য়াম্না কনবা মীবু মপাঙ্গল শোনবা খোং-থুংকী লৌশিং লৈবা পিক্রবা অমনা লাইনা মুক্না থাবা ঙমই।

মৈতৈগী মুক্নাদা যাত্রা কংখ্রবা অফাওবা মুক্না হৈবা ওবাশিংদি কনা অহল ওইরবস্ত মপাঙ্গল কল্লবা থাং-চাওরবা মুক্নাদস্থ যাত্রা কংলবা নহারোনশিংনা থাবা ঙমদে। মচুগী থুদমদি মপাঙ্গলদস্থ কনবা হেল্লবা, থাং-চাওবদস্ত হেল্লবা নহাস্থ ওইরিবা লৈশং যাত্রা অমসুং খবী যাত্রানা অকনস্থ ওইরবা পিকস্থ পীক্রবা মপাঙ্গলস্থ শোল্লবা থাংজিংগী থুমন যাত্রাবু মুক্না থাবা ঙমখিদে। মখোয় অনিবু থুমন যাত্রানা য়াম্না লাইনা তুহনখি। অসুম্না হাকথোংনবগী লৌশিং মহৈদা মীনা লাকচবা য়াত্রবা মীবু য়াম্না লাইনা লাকচবা

থাম্বা মৈতৈগী মুক্তা হাম্বা মচৌগি মৈতৈ লৈবাক মতম্না পৃথিবীগী অতোপ্পা মকমদা খাক্তি অমতনা হৈরে।

মুক্তাগী কিজেং অনি শুরি। অহানবদা মপুংদা কিজুংগী হকচাং ( লীঙ্গ ) শোক্তনবা নীংথৌ মেতুনা হকচাং মপু দা শেংলগা মচুগী মথক্তা কপগ্রেং কিজেং। অনিশুবদা—মাংলোমদা কিশি কিরগা ভুংলোমদা নামৈ হাপ্লুনা শেংনৈ। কাওঠৈজেদমু কিজেং অনি শেংনৈ।

মুক্তা অনি কি শিন্নবা—যাত্রাগুম্বা অহল থবা ওইরব। অমনা মুক্তা শান্নগদৌরিবা অনিদু পান্নহুনা কি পায়নকনগনি। লাই হাক্তক্তসু মহাদেবনা নোংশাবগা ওক্নরেলগা অনিবু মকি পারক হনখি। লাই অনিনা তৌনরকপা নিয়ম অমতা কায়দনা কি পায়নরমদাইদা লাম্বা অনিহু মহৈ মহৈ পাকথনগনি। পাকথনবগী কিভমদি খোং অনিসি ওই-য়েং ইঞ্চি ২৭/২৮ ফাক্না চপ তিংনা লৈবাক্তগী থুতুপ অমরোমতা লাপ্পনা পাকথরগা অমনা অমগী পিরাইগী কি পায়নগনি। থুং য়েং-য়েংনা কি পায়নরবা মতুংদা ওই-ওইনা অমুক অমনা অমগী য়েং-য়েংকী পিরাই মনাক্তা কি পায়নগনি। মসিবু মুক্তা কি শিন্নবা কৌই।

কি পায়নবা লোয়রগা মুক্তা শিন্নিবা ওঝা যাত্রা অচু মাগী ফমফমদা কক্তিন্দুনা ফমখি। অদুগা শান্নরিবা অনিদু পাকথনদুনা য়েংতা ওইদা ফৈনা ফৈনা কোয়না কোয়না চংনদুনা মাগী মাগী খুদোং চাবা মর কিহুপ য়েংদুনা হৈনবা লৌ, লৌশিং তৌদুনা

মুক্না থানবা হোৎনগনি। করিগুম্বদা কনাগুম্বা অমত্তা লৌশিং তৌবা চক্রি ফত্তবনা খুৎ য়েৎ-য়েৎ কি পাম্বনপ্রবসু ওইদি পায়-হন্দবসু য়াওই। ওইগী খুৎনা কি পায়ত্রিঙৈদা লৌ হৌঙ্গনা মুক্না থানবা হোৎনবদা বেরা লৈনদে। অতুগা অমনা কি শিন্নবা লোইত্রিঙৈদা থঙনম নমথরগা মুক্না থাবা শকপসু য়াওই। মাঙ্গমা থাবা মুক্না কয়া লেমনদে।

লৈবাক নিংথৌ অঙম্বনচিংবা য়াওবা মমাংদা শায়বা মুক্নাদি যাত্রা অহনশিংনা পঞ্জেং-ফিরান, নিংথম-শমজিন শেৎতুনা অতোপ্পা যাত্রা অমনা লাম্বা যাত্রাশিংহ্ মফি নিংথিনা শিন্নহল্লগা ওই-য়েৎ তুনা পায়নরগা শাম্নহল্লি।

মুক্না শায়রিঙৈদা হকচাংগী মফম চাদবা পায়নবা য়াদে। করিগুম্বদা অমমা পায়রক্লবদি অতোপ্পা অমহুত্ত্ব পায়বা য়াই। পায়রোই হায়রগনা মথুৎ অলিমক থাদোকনি। ফি পায়বা থারবদি পায়রিবা মীতুসু ফি থাদোক্লে অতুগা অমুক নৌনা ফি-ফি শিন্নরগা শাম্নে।

মুক্নাদা খোংনম্না লাম্বাতুগী খুকউ মথক্কী কৈবাক মঙ্গুংদা কাওবা য়াই। মসি লাই হাক্তকুগী ওক্লরেলনা নোংশাবদা কাওথি, পঙনসু কাওনদে। খোঙ্গপাক্লদি কাওবা য়াদে, খুৎনা ফুবা, থিনবা, থৌরি য়েৎপা য়াদে। লৌ তৌনরক্লবদি খুদাংনা ওকথী চপ্পবদি য়াই।

মুক্নাদা মৈফগন মরূমদগী মখা হস্তুনা খুৎনা পায়নদে। মৈফগন মরূ ফাওবদি করিগুম্বা লৌ ওকপদা পায়নবন্নু য়াওই, পঙনা পায়নদে। অদুগা কি পিন্নবা মতমদা লৌ তৌনরকপদা করিগুম্বদা খুৎ নাম্ভোক্তুনা লৈবাক্তা শোবা, খুকউ লৈবাক্তা শোবা য়াদে। শোরবদি মুক্না অদু তুয়ে হায়না লাওথোকই।

লৌ তৌনরকপদা অনিমক চপ মান্নবা চেপ্পা নক্রগা উপ্পা ভুমিন্নরবদি মুক্না থাবা অমস্তুং তুবা হায়না লৌনদে, মৈফহুনি হায়না মার্ক তৌই। মৈফদু তারবদি অমুক হুন্না শাদৈ। মৈফহুদা লৌ তৌরিবা নক্রগা ওক্লিবা মীহুনা মকোক মথৈতা ওইরবন্নু লৈখৎতুনা মথক খংনা ননবা ঙম্নবদি নল্লিবা অদুনা মুক্না থাবে হায়না লৌনৈ, মুক্না থারিবা মীহুনা তুরিবা মী অদুবু নিংথিনা কোয়ন্দুনা হৌগৎমিন্নৈ, থারিবহু মতোমতা হৌগৎনদে। অদুগা লৌ তৌনরকপদা শান্নরিবা অনিদু তোঙান-তোঙান্না (অমনা উপ্পা অদুগা অমনা লোংনা) তানরবদি উপ্পা তারিবা মীহুনা মুক্না থারনি হায়না লৌনৈ।

মুক্নাগী লৌয়োন লৌশিং য়াম্মী। থানবা, ভুহমনবা মুক্না থানবগী মরূওইবা লৌদ নীঙ্গোং লৌ, খুদোং লৌ অমস্তুং লোংশ্রৌ লৌনি। লৌ অহুমসিগী অমুক লৌয়োন ৬৪ থোক্না থান্নদোকই।

মুক্নাগী লৌয়োন পুম্নমক অসি পুন্না ৬৪ নি। মী ভুহমনবা লৌয়োন ৩২ নি অদুগা ভুদনবা অওকপা লৌয়োন ৩২ নি। লৌ পুম্নমক ওনা খঙনা মুক্না শান্নবা মণিপুরদা থরা তাঙই।

## যুক্তাগী অপোবা লৌ থরবং মথাগা ইজরি

১। কপ্লাক কোংপী
(ক) য়েংকী কপ্লাক কোংপী
(খ) ওইগী কপ্লাক কোংপী

২। খুকউ থৈবী
(ক) য়েংলোমদা খুকউ থৈবী
(খ) ওইরোম্নদা খুকউ থৈবী

৩। নীঙোং ছনবা
(ক) য়েংকী নীঙোং ছনবা
(খ) ওইগী নীঙোং ছনবা

৪। চেপচিং চিংবা
(ক) য়েংকী চেপচিং চিংবা
(খ) ওইগী চেপচিং চিংবা

৫। হৈবোং কাবী
(ক) য়েংকী হৈবোং কাবী
(খ) ওইগী হৈবোং কাবী

৬। লোংথ্রো লৈবী
(ক) য়েংকী লোংথ্রোনা লৈবা
(খ) ওইগী লোংথ্রোনা লৈবা

৭। য়েংকী লোংথ্রো থকইন
কৈগী কিচ্ছপ খোং-খুৎ মায়বা

৮। খুদোং পুথংপা
(ক) য়েংকী খুদোং পুথংপা
(খ) ওইগী খুদোং পুথংপা

৯। খুচেপ থাইমৈ হায়বা
(ক) য়েংকী খুচেপ হায়বা
(খ) ওইগী খুচেপ হায়বা

১০। খুদোং হাইপু
(ক) য়েংকী খুদোং হাইপু
(খ) ওইগী খুদোং হাইপু

১১। খুদোং অয়াংবা
(ক) য়েংকী খুদোং অয়াংবা
(খ) ওইগী খুদোং অয়াংবা

## খুদোং হাইপু

খুদোং হাইপুনা মীবু তুহনগে হায়রবদি মীহুবু খুদোং পুথংলগা য়েংলোমদা ইশাগা লোয়ননা উরুক অনীরক অহুমক লৈরম্নগা হন্দুনা ওইরোমদা শেন্ডুনা থাদগনি।

## খুদোং অবাংবা

(ক) লৌ অসিনা মীবু মূক্লা থাগে হায়রবদি মীহুবু খুদোং পুথংগদা মীহুনা চনিংগী, খ্বাংগী ফিদা মখোং অনীনা খুদোম্না নেন্ডুনা খুকউ অনীহুনা থজিন্দা শৌহুনা লৈয়বদি নপালিবা মীহুগী অথিকম মম্না নক্লা নমহুনা চিংথহুনা খুদোং ওকনি।

(খ) খুদোং অবাংবা কারিবা মীহুনা তুদনবা ওকে হায়রবদি পুথংলিবা মীহুগী থদাংগা মকোকা খুং অনীনা পায়হনা ওকনি। মসি মূক্লাগী মতুংদা অরুবা ফিবম ফিহুপ অমনি। পুথংলিবা মীহুগু ফিবম শোয়রগা কারিবনা থাথিবা য়াই। কারিবনা শোয়রগা পুথংলিবনা থা থায়বা হৈরগা শোয়দনা থাগনি।

মথক্তা ইজথিবা মূক্লাগী লৌ-শিং অসি নত্তবা অকুপ্পা কন্নামরুমদু লৈরি, অদুবু চাওরাকপা থরদং থনগচ্ছনা ইজবনি।

---

# তা খৌশারোন

মণিপুরদা লাইনিংথৌ খাগেম্বনা পুথোকখিবা তাগী খৌশারোন অমস্তুং খেঙ্গৌরোনগী মরমদা খঙ্জিনবা ইজরি।

খৃষ্টাব্দ ১৬০৯ শুবদা লাইনিংথৌ খাগেম্বনা খাগী লৈবাক্তা লাকঙম কাঙমত্রবা মঙোসা লাই মন্নবাক কৌবা নিপা অমবু খাং খৌবোম্না অমস্তুং খাংস্ত নহা তানা হাংলবদা তা পায়রুনা শারাও লাল্লাওখোন লাউরুনা খোঙ খাংনা চোংহনা শান্নবদগী খৌশারোন হায়বসিমক পুথোকখি। অদুগা লাইনিংথৌ খাগেম্বনা তা পায়রুনা কোয়না চোংরুনা খৌশাবদা শারাও লাল্লাওখোল লাউবরু তাবদা প্রজা পুম্বনা খেন্দুনা ঘেংনাখি হায়বগী লাইনিংথৌ খাগী ওয়া খেঙ্গৌরোন হায়নস্তু কৌনখি।

লাইনিংথৌ খাগেম্বনা তা-না মরুওইনা শীজিন্নবা চৌংমীশিংদা তা খৌশারোন তম্বীখি। মরম অদুদগী খৌশারোনগী মমিংবু কবুই মরাম তাংখুল খৌশা হায়না থোন্নখি।

খৌশারোন অনি মরু ওইবা মখল মরিতনি। অদুবু মখল ১১ থোক্না খায়দোক্লি। মাদুদি—

১। মৈতৈ খৌশারোন, ২। কবুই খৌশারোন, ৩। মরাম খৌশারোন (অচৌবা মচা অনি), ৪। তাংখুল খৌশারোন, ৫। মরাম মুংশেংপা, ৬। পম্লিং পম্মাং, ৭। খেন খৌশা, ৮। লৈতাক খুন্তাক, ৯। লৈতাই মুংদাই, ১০। অখৌ খৌশা, ১১। খেঙ্গৌ খৌশা।

# মৈতৈ খোঁশারোল পাকল




## খোঁশারোন

১। য়েংকী খুংনা তা মুংনা পায়রো, ওইনা চুং পায়রো, পাকল ময়াই খোংকম ১ থাবদুনা, থাংজিংলোম ওন্না চপ তিংনা লেপপু।

২। খোং অনীমক নীকও, মনীক্তি—কপ্পাক ২ কোন্না হকচাং থন্না নমখোও, হৌগৎলকপদা য়েংকী খোং খিত্তুং থাংগৎলগা নীকও।

৩। খোংকম ১দা খোং অনী পুন্না তিংনা লেপ্লগা য়েংকী খোংনা হান্না ওইরোম কোংনা চোংথৎপগা তাস্তু ওইরোম কোংনা লৈয়ো। ওইগী খোংস্তু চোংদুনা মকমদুদা থাবগা অমুকস্তু হন্না য়েংকী খোং ওইরোম কোংনা চোংথৎনা তানা য়েংলোম কোংনা লৈদুনা য়েংকী লেগাদা য়েপ্লগা য়েংকী খোং থাবগা হকচাং তিংনা ওইগী খোং থুপ্না থাজৎনা য়েংকী খোং নাম্মতদা তিংনা লেপও। অদুদগী য়েংকী খোং নাম্মতনা হকচাং পুমচোং চোংদুনা তারকপদা ওইগী খুদোন মাংলোমদা তিংখোকপগা লোয়ননা হকচাং লুকথনা

কোক নোম্না অভিবা শিদবা শুকবু খুরুমও। অমুম্না হকচাং পুমচোং চোংবা অনীরক খুরুমও।

৪। খোংকম অমদা নোইয়ো—খোংকম অমদা খোং অনী পুম্না থাম্নগা য়েংকী খোংনা হাম্না চোংহুনা ১১ রক হম্না বাংনা বাংনা চোংহুনা খোং অনীমক মকম ইলেঙ লেঙদনা খাং নোইয়ো, হকচাং নোইবা খুদিং খোংচোং খুদিং তা-হু মাংলোমদা চক-চক থিম্নো।

৫। খোংকম অনীদা নোইয়ো—খোংকম অমদগী খোং ওইনা হাম্না চোংহুনা ১১ রক শুবা খোংচোংদা অনীশুবা খোংকম য়ৌরগা মহুদা য়েংকী খোংনা হাম্না বাংনা চোংহুনা খোংচোং ১১ রক চোংহুনা হকচাং অমুক নোইয়ে। অহুদগী মায় খোংকম ৩ থাবা কৌক্র ওন্দুনা খুরমও।

৬। অহুম শুবা খোংকমদা নোইয়ো ওইগী খোংনা হাম্না চোংহুনা খোংচোং ১১ রক্তা অহুমশুবা খোংকম য়ৌরগা মহুদা য়েংকী খোংনা হাম্না বাংনা চোংহুনা ১১ রক চোংহুনা অমুক নোইগনি। অহুদগী খোংকম ৪ থাবা মার্জিংলোমদা (পাকল) দা ওন্দুনা খুরমও।

৭। খোংকম ৪ দা নোইয়ো, খোংকম ৩ দগী ওইগী খোংনা হাম্না চোংহুনা ১১ রক্তা ৪ শুবদা য়ৌরগা মহুদা য়েংকী খোংনা হাম্না বাংনা চোংহুনা ১১ রক চোংহুনা অমুক নোইয়ো। অহুদগী খোংকম ৫ থাবা বাংত্রেন তম্না ওন্দুনা খোংচোং ১১ রক্তা য়ৌরগা খুরমও।

৮। খোংক্ষম ৫ দা নোইরো। ওইগী খোংনা হায়া চোংহুনা খোং অনীমক্তা ১১ ব্লক য়াংনা চোংহুনা নোইরো।

অস্থয়া খোংক্ষম ৫ মক্তা চোংহুনা নোইরগা অহানবগী সলামি মরোন অহুম্না খোং চোংহুনা তা লৈহুনা শেগাদা য়েম্লগা হকচাং লুকথনা, কোক লোম্না অতিয়া শিদবা অমসুং লৈবাক নিংথৌ থুরুমহুনা লোইয়ু।

## কবুই খোশারোন

সলামি—

পাক্লগী খোংক্ষম অমদা খোং অনীমক থাবহুনা চপ তিংনা লেপ্লগা য়েংকী খোংনা ওইরোম কোংনা হাইগংনা য়াংনা চোংহুনা খোংক্ষম অনীদা খুদোম্না তাবগা লোয়ননা তা-সু ওইরোম কোংনা লৈয়ো। ওইগী খোংনা খোংক্ষম ৩ দা খুদোম্না তাক্লও। অহুমগী অমুকসু য়েংকী খোংনা ওইরোম কোংনা চোংখংনা খোংক্ষম ৪ দা তাবগা, তা-না য়েংলোম কোংনা লৈহুনা য়েংকী শেগাদা য়েম্লগা ওইগী খোংদি থুপচিন্না, য়াংনা থাঙ্গংনা, হকচাং তিংনা য়েংকী খুদোন্দা লেপও।

কিবম অসিদগী য়েংকী খোং নাম্মতদা হকচাং পুমচোং চোংহুনা তারকপদা ওইগী খুদোল মাংলোম খোংক্ষম ৫ দা তিংনা চুং-তা-সু খুদোন কম্না, তিংনা লুকথহুনা অতিয়া শিদবা থুরমও। অস্থয়া হকচাং পুমচোং চোংনা অনীরক হয়া থুরুম্লগা ওইগী খুদোন

খোংকম ৪ দা য়েংকা পুম্না শং চিংশিন্দুনা হকচাং লুকথনা ভা-স্থু শেগাদগী হন্দোক্কুনা চুম্না য়ুংনা পায়হুনা লেপও (৩) হল্লো—মহন্দি

হকচাং য়েংলোম হুং লৈথনা চেপ্পা নমথনা লুকথনা ওইগী খুদোল খোংকম ৫ শুবদা তিংও, অহুগা তুংলোম শং কোনশিন্না খুম্না লোংখৎনা য়েংকী কপ্লাক মপাদা খুম্না উংনা ওক য়েংলোম লৈনা য়েংউ। অহুদগী ওইগী খোং চোংহুনা ৪ শুবদা হেক তাবগা য়েংকী খোং চোংখত্তুনা ৩ শুবদা থাবা ওইগী খোং চোংখত্তুনা ৪ শুবদা খুদোল তিংলু।

অসিদগী ওইগী খুম্না লোংখৎনা তুংলোমদা য়েংকী কপ্লাক মপাদা উংপব্ব য়েংনা চোংহুনা ৩শুবা খোং থাকমদা থাবগা য়েংনা ২শুবদা থাবা ওইনা চোংহুনা ৩শুবদা তিংহৌবা। অম্মুম্না ৩/৪রক হুম্না চোংহুনা হল্লগা অহানবা খোংকম ১ দা য়োরগা ওইগী খোংহু ওইরোম শং লৈনা হকচাংস্থু ওইরোম লৈহুনা হান্নগী মায়ওন খোংকম ২ রোম ওম্না খোং অনী পুম্না লেপও।

## শৌকাইরো

খোংকম অমদা খোং অনী পুম্না থাবত্ত ওইগী খোং চোংখৎলগা মকমতুদা অদুম্মক থাবগা য়েংকী খোং ২শুবদা খুদোন তিংও।

হকচাং মাংলোম লুকথনা চুংনা খুদোন ভাকও। য়েংকী খুদোন খোংকম অনীগা অমগগী মরক্তা হেক থাবগা ওইগী খুদোনস্থু ২দা শং তিংলুবা ওইগী খুদোন শং চিংশিন্দুনো খোং ২গা ১গগী মরক্তা হেক থাবগা য়েংকী খুদোন খোংকম ২গা ৩গগী মরক্তা তিংলুবা,

অদুগা ওইগী খুদোন শৎ তিংবা খোংকম ৩ দা থাবদা লককু তাল অমা লীরমও।

মসিগী শৌ মকাই হকচাং মাংলোম লুকখনা খুদোন অনীসি মাংলোম শৎ-শৎ তিংলুবা অমুক শৎ-শৎ হনবা হকচাং লোয়ননা খুদোন অনীসি শিংত্তোক শিংচিল তৌনা তা-সু খুদোন তিংলুবা খুদিংদা ওই-য়েৎকী খুদোন তয়া চক, চক, চক, চক থিল্লো।

মথকী অম্মুয়া ৩শুবা খোংকমগী ওইগী খোংদ্র শৎ চিংশিন্দুনা ২-৩ শুবা খোংকমগী মরক্তা হন্না থাবা, য়েৎকী খুদোন ৩শুবদা শৎ চিংল্লুবা অসিদগী হৌগনি।

য়েৎকী খুদোন তিংলুবহ্র শৎ চিংশিন্দুনা ২ অমস্তুং ৩শুবা খোংকমগী মরক্তা হেক থাবগা, ওইনা ৩ অমস্তুং ৪শুবগী মরক্তা তিংবা ওইগী খুদোন শৎ চিংশিন্না ৩শুবদা থাবগা য়েৎকী খুদোন ৪ শৎ তিংবা, য়েৎকী খুদোন চিংশিন্না ৩ অমস্তুং ৪গী মরক্তা হন্না থাবগা ওইগী খুদোন ৪দা শৎ তিংবা, মসিদস্মু তাল লকক্ লীগনি।

মথকী অম্মুয়া অমুকন্সু ওইগী খুদোন ৩ অমস্তুং ৪শুবা খোংকমগী মরক্তা শৎ চিংশিন্দুনা থাবগা য়েৎকী খুদোন ৪দা চিংহ্রনা খোংকম ৫শুবা য়ৌবা ফাওবা শৌ কাইগনি। হনবা মহন্দি :—

হকচাং উপ্পা মাংলোম পাকথনা নোস্নমগা য়েৎকী খোংনা হান্না ভুংলোম লীংনা ওইস্মু মহুগা লোয়ননা লীত্তুন্না ৩/৪রক লীংবা তুং হন্না হান্নগী খোংকম অহানবা অমদা হৌরগা খোংকম অমদা য়েৎকী খোং থাবা। ওইগী খোংনা ভুংলোম তিংথোকপা, হকচাং মাংলোম পাকথনা ওইগী খোং মাংলোমদা পুরক্তুনা খোংকম ১দা

থাবগী য়েংকী চোংথত্তুনা ২শুবদা থাবা, ওইনা অমুক মাংলোয়দা কোয়া শিং কাওনা তিংবা। হকচাং থেক লোংনা তান্ন খানো থাজংখ্রুনা য়েংকী খুং তিংঙু। অদুদগী হকচাং য়েংলোম হং লৈথনা পাকথরগা ওইগী খুদোন ভুংলোম য়েংকী কপ্লাক কোনশিন্না খুয়া লোংনা উংপা য়েংলগা চোংদ্রনা হায়গী ৩শুবগী মহলগা মায়না হল্লগা ১বা খোংকমদা খোং অনী পুন্না লেপও।

মথংদা খোং থিল্লো। খোং থিনবদা হকচাং খর নেমথোও কপ্লাক খর কোল্লো। ওইগী খোংপাক হান্না লৈবাক্তা থীল্লো, অদুগা অকোনবদা ওইগী খোংনা থিন্দুনা লোইশিল্ল। অমুয়া খোং অনীসি খোংপাক্লা ওইনা হান্না থীন্দুনা খোংথিল ২/৩ লক থীল্লো খোং খোংলো। মখোংতি —

হকচাং মাংলোম লুকথনা ওইগী খোংদোয়া ওইরোম কোন· থোক্লা ওলক খোংলো। মখোংতি—ওইগী খুদোম। লৈবাক্তা খোংনা চোংথংলগা তাবদা য়েংসু চোংছ্রনা তাগনি। অমুয়া ওইগী খুদোয়া ওইয়োমদা ওলক খোংলো। অমুক খোং অনী থীল্লগা য়েংনা ওলক খোংলো। অমুয়া খোং অনীমক ওইনা হায়া ৩লক খোংলগা য়েংনা অমুক ৩ লক খোংকনি।

## উরোক মথা শেৎলো

খোং অনীমক খুকউ শুপ্পা থেংননা পুন্না খুদোন ২ মাং-ভুং কাক্লা চোংথংলগা তারকপদা খুদোন অনী পুন্না তামিন্নবা। অমুয়া খুদোম অনীসি অমনা অমুক মাং থং, ভুং অমুক থং অনীরক

চোখৎলগা তারকপদা খুদোন ২ পুন্না তামিন্নৌ। অসুম্না উবোক মখা অনীরক শেৎলো।

## শৌ নেৎলো

মনেৎতি ঃ—ওইগী খোং চোংখজুনা খোংকম ১ দা তাবগা, য়েৎনা তিংনা ২ শুবদগী a থাবা সার্কল ½ অচু য়েৎলোম কোয়-রগা চোংহুনা খোংকম ১দা থাবা, ওইগী খোং চোংহুনা ২ শুবদা তিংনা নেৎলো। অসুম্না ওই চোংহুনা ২ শুবদা থাবগা, য়েৎনা ৩শুবদগী b থাবা সার্কল ½ অচু য়েৎলোম কোৎনা কোয়রগা চোং-হুনা ২ শুবদা থাবা, ওই চোংহুনা ৩ শুবদা তিংনা নেৎলো।

অতুদগী ওই চোংহুনা ৩ দা নেৎপগা, য়েৎনা ৪ দগী c থাবা সার্কল ½ অচু কোৎনা লৈনা কোয়রগা চোংহুনা ৩দা নেৎলগা ওইনা চোংহুনা ৪দা তিংনা নেৎলো।

অসুম্না অমুকন্সু হন্না ওইনা ৪ দা নেৎথবগা য়েৎনা ৫দগী d থাবা সার্কল ½ অচু কোৎনা লৈরগা চোংহুনা ৪ দা নেৎথবগা ওই চোংহুনা ৫দা তিংনা নেৎলো। অসুম্না শৌ নেৎপা লোইরগা হায়গী ৩শুবগী অহুম্না হুলগা খোংকম অমদা খোং অনী পুন্না লেপও।

**লাল য়েংও ঃ**—অহানবদা ওলম্বা মায়কৈহুদা খোং অনীমক পুন্না থুকউ হন্না নীংগাংনা হমথোও। হৌগৎলকপদা য়েৎলোম লৈহুনা খোং অনী ফাক্না থুদোম্না লেপ্তুনা চোংখতুনা খংনবা য়েৎথংবা মাইকৈদা খুৎ ২ কন্দোকনা লম লাপ্পা লাল য়েংও।

অয়েংবা মায়কৈছুদা অমুক নীঙাংনা কমথরগা হৌগংলকপা, য়েংলোম লৈনা খোং ফাঙ্গা চোংখত্তুনা মায়কৈছুগা থংনবা য়েংখংবা মায়কৈদা লাল য়েংও।

অসুম্না অমুকসু অয়েংবা মায়কৈছুদা কমথরগা য়েংলোম লৈনা খোং ফাঙ্গা হৌগত্তুনা চোংখত্তুনা থংনবা ৩শুবা মাইকৈদা লাল য়েংও। অছুম্না অকোনবদা অমুকসু নীঙাংনা কমথরগা য়েংলোম লৈনা খোং ফাঙ্গা চোংখংনা হৌগংলক্তুনা অহানবা ওন্নবা মায়কৈদা লম লাপ্না লাল য়েংলগা খোং ২ পুন্না চোংখৎতুনা লেপও।




লাল কোইয়ো:— ১বা খোংফমদা লেপ্লগা খোং ২ থীল্লগা য়েংকী খোংনা য়েংলোম শেংনা শেংনা, চোংনা চোংনা য়েংলোম A থাবা সার্কলগী শরুকলোমদগী হৌনা লাল কোইয়ো। খোং শেংনা শেংনা লাল কোইবা মতমদা তা-সু য়ুংনা লৈনা-লৈনা য়েংলোমদা লৈনা, খুত্তগী থাদোক থাদোক্লা পাক-পাক ওক্লা ওক্লা কোইয়ো। অসুম্না A, B সার্কল থুংনা লাল কোইরগা খোংফম অমদা খোং ২মক পুমচোং চোংখংনা তাহনা লেপও।

## কবুই খোংশারোল

শা থিল্লো। খোং ২ থীন্দুনা থীন্দুনা য়েংলোম ওইরোম হজং

হন্দা ২রক ৩লক চৎলমলগা য়েৎলোম্ম লৈছুনা য়েৎকী খোং হান্না চোংছুনা খোংকম ২শুবদা য়েং ওই তাবগা চুংগী মপান্দা তানা শা থিল্লো।

অহুম্না অমুকম্থু য়েংনা শেংনা চোংছুনা ৩শুবদা য়েং ওই তাবগা চুংগী মপান্দা তানা শা থিল্লো। অমুকম্থু য়েংনা হান্না শেংনা চোংশিন্দুনা ৪শুবদা য়েং তাবগা ওইদি থুপ্না ওইরোম রাংনা থাঙ্গৎনা চুংগী মমুংদা শা থিল্লো। শারাও লাল্লাওখোনে লাওগনি। সলামিদি—ওইগী খোং থাঙ্গৎলমম্ভ ৪শুবদা থাবগা য়েংকী খোং য়েৎলোম রাংনা চোংথৎনা তাম্থু য়েৎলোম রাংনা শা থিল্লমদগী শৎপগুম থংশং শৎছুনা রাংনা তিংনা থাঙ্গৎনা ওইগী খোংদা তিংনা লেপও।

মথংদা হকচাং লুকথনা য়েংকী খোং ওইরোম কোৎনা হাইগৎনা শেংনা চোংনা ৪শুবদা তাবগা তাম্থু ওইরোম কোৎনা লৈগনি। অহুদগী ওইগী খোং অমুক য়েৎলোম কোৎনা লৈনা শেৎলগা চোংনা ৫শুবদা তাবগা তাম্থু য়েৎলোম লৈছুনা য়েংকী শেগাদা য়েপ্লগা তাদোল লুকথনা হকচাং কোক নোম্না পুমচোং চোংছুনা ২রক হম্না লৈপাক নিংথৌ খুরুম্না লোইয়ো।

মৈতৈ লৈবাক্কা নিংথৌরোল ৬৪গী মমুংদা থাং-তা হৈবসি চৌরজিৎ মহারাজ অমসুং মারজিৎ মহারাজ অনীসিনা হেম্না হৈবা নিংথৌশিংনি। মারজিৎ মহারাজনা তাগী থেঙ্গৌরোন শুনা হৈবা হেল্লি। অদুগা চৌরজিৎ মহারাজনা থাংগী থাংলোন য়াওনা কুপ্না হৈবনি।

## শগোলগী হৌরকফম অমস্তুং ওইরকপা মৈত্রবাক্কী পুয়িম পুরাণ

মৈতৈ লৈবাক্তা লাই হাক্তকুগী লৈরক্লবা শগোলবু শমদোন অয়াঙবা হায়না খঙনৈ। মসিবু শীজিন্নরকপদি খোইমুম মাখিং কৌবনা শীজিন্নরমই।

শগোলগী মখোং মরি অসি য়েংথংবা খুমাং অনীনা—লমথা ভুমাবা অনীনা পুই। খুঙং অনীনা লমশেন্বা ভুশেন্না অনীনা পুই। মচিন্দা খয়াংবনা পুই। মনা অনীনা বাংব্রেল লাইনা পুই, মমিৎ অনীনা অতিয়া গুরুনা পুই। শগোল্দি অহিং অমম্বদা মমিৎ উই। ময়াংলেন্দা য়াংবিরেন পাখংবা তাওরোইনাই লাইনা পুই। মমৈনা থাংজিং লাইনা পুই, অচম্বা জীব নত্তে।

মৈত্রবাক্কী শগোল মচু অমস্তুং মমিংদি য়াম্না য়ামই। শগোল অমুববু কারু কৌই। অরাংবা মচুদি তোঙান তোঙানবা মামং লৈ।

মঙ্গে মচুদা লাংববু মঙ্গে অরাংবা।
কোরি মচুদা লাংববু কোরি অয়াংবা।
অমুবা কারু মচুদা লাংববুনা কারু অরাংবা।
কোনা মচুদা লাংববু থঙ্গোং অরাংবা।
কাব্রং অঙৌবা মচু মানবনা কাব্রং অহিংবা কৌই।
কাব্রং মচুদা মুরৈনববু কাব্রং।
কোনা অরিবা, মুরপ তৌববু কোরি ঙাংলৈনবা মচু।
কোরি লৈমু—মুরৈনবা মচু।
মুরৈনবা মচুগী কোরিদি মবুক শেংদে।

অমুবগা অঙৌবগা য়াম্নবা লাংবদা অম্নুবনা হেন্না লাংবব থোংদৈ কৌই।

ময়োংমানবা মচুগী শগোলবু তিনশিং কৌই।

ঙৌরুনবা মচুগা ঙাংথৈলেনবা মচুগা য়াম্নবা মচুব তুমনো মচু শগোল কৌই।

মশা পুম্বা ঙাংথৈলেনবা শগোলবু নাত্রং কৌই।

মঙ্গে—মঙ্গে ঙৌরুনবা, মঙ্গে ঙাংথৈলেনবা, মঙ্গে মন্না।

লৈহাও মচু মানবা শগোলবু মোড়া কৌই।

মমিংস্থ মশা পুম্বস্থ ঙৌবা শগোলব লৈফোল কৌই।

অঙৌবগা অমুবা মচুগা য়াম্নবু সনাবী কৌই।

মুনা মখোং মরি তাংববু কাক্ক খোংদাং কৌই।

মঙ্গে মচুদা মখোং মরি তাংবব মঙ্গে খোংদাং কৌই।

কোরি মচুদা মখোং মরি তাংববু কোরি খোংদাং কৌই

অস্নুম্না মৈত্রবাক্কী শগোলগী মমিংসি মশাগী মচু মমেন অমস্থং লাংবা খুংলাংগী মতুংইন্না তোংঙান তোংঙান্না কৌনৈ।

খোয়ুম অরিবনা লাইয়াম কৌথোক্লবা মতুংদা মার্জিংনা শগোল কাত্রং অমস্থং থাংজিংদা শগোল কাক্ক তোংহন্দুনা লাম্বা পাইনখি। মথংদা থম্নাংবদা শগোল মঙ্গে অহুগা খোরিফাবদা শগোল মোড়া তোংহন্দুনা লাম্বা পাইনখি। অস্নুম্না ইরুম নিংথৌদা শগোল থোংদৈ অমস্থং য়াংবেন্দা শগোল কোরি তোংহল্লে। ইকোপ নিংথৌদা শগোল তুমনো য়াংগোই নিংথৌদা শগোল

শন্নাবী তোংহল্লে। ইরোং নিংখৌদা শগোল লৈকোল অমস্থুং নম্বুল লাকপদা শগোল খোংদাং তোংহন্দুনা লাম্বা পাহনখি। নোংশাবনা শগোল নাক্রং অমস্থুং ওক্রেম্না শগোল তিনশিং তোংহন্দুনা লাম্বা পাহনখি। কৌক্রনা শগোল কোম্না অমস্থুং লোয়ারাকপনা শগোল মঙ্গে অরাংবা তোংহন্দুদা মাগী মাগী লাম্বা পাহন্দুনা মাজিংনা অরাংদা হাইহন্দুনা পঞ্জেসহল অদুগা থাংজিংনা মথাদা হাইহন্দুনা পনঙাকহন্দুনা কাঙজৈবুং মরাইদা হুক্রে হন্দুনা অস্থুম্না মুংঙাইনা শান্নহনখি।

শগোল কাঙজৈ শান্নবা চুম্নবগী ইচম চম্না শান্নবা মশান্না নংলমদে। মৈতৈগী মাইচৌশিংনা মসিগী মশান্না অমস্থুং শান্নবগী পোৎলমশিং অসিদগী তাইবং শেম্বগী ভাবকা চানবা য়াম্না সাইন্টিফিক ওইবা মওংদা ভাব অসি পুথোকখি মচুদি—শৈই উগী ফুট অমদগী খর তানা শাংবা ময়াইনা মখুল ফেম্না হুংপা মকক্ অদুদা ফুট ৪/৫ রোম শাংবা চপ তিংবা লৌরেংগী লী অমা থিংজিন্দুনা শাবা লাই কাংছিনি।

শগোল—মুমিংকী মঙান্দি মশাগা কোয়ে। অহুনা শাকোম্নবা মঙাল অদুদি য়াম্না য়াংনা চংলি। শগোলম্থু য়াম্না য়াংনা চেল্লি। মরম অহুনা মৈতৈ মাইচৌশিংনা হুমিংকী মঙালবু শগোলগা, উচেক্কা প্রমাণ তৌনৈ। অহুগা ইশাগা কোম্নবদা কান্নবা শানি হায়নবগী শাকোন (শাগোন) হায়না কৌনৈ।

হুমিংনা তাখিবা মতমদা মঙাম্না কোন্না লৈহৌরগা মমথরক-পবু মঙাম্না হুমিংপু তাম্নবগী ভাব লৌহুনা হুমিংকী মশক কাংক্রুম্বু

মঙালগী মশক ওইরবা শগোল্না তাম্লদুনা শাম্নবগী ভাব লৌদুনা মৈতৈনা লাই মতৌ তমদুনা শগোল কাঙজৈ শান্নে। মসিনা শগোল কাঙজৈগী মহাই, মঙাল, শাম্নবগী মুংঙাইবা অমম্লুং কাম্নবা মরম থরদং পঙ্গবনি।

অসিগী তুংদা লাইনা শাম্নরবা মতুংদদি মীনা অমুক নিংথৌ কাংবা মৈদিংঙু সনা হাক্কক্তা শান্নৈ। শাম্নবা মীচংদি নহারুপ, লাইফম, অহল্লুপ, থাবম পানা মরি থায়দোক্কুনা শান্নৈ। মীগী কাংজৈ থুদিংগী পানা মরিগী অথম্নবা যাত্রাশিংনা হল্লে হুল্লি। কাংজৈবুংদা থা বাংদা ফিরাল য়ুংলগা পাঙ্গল চনৈ। অথোইবা কাঙলুপ্তা পোং লান্নৈ। শগোল কাঙজৈ হান্নবসি মৈত্রবাক্কী অথোইবা অচৌবা কুম্মৈ অমনি।

মৈদিংঙু ইরেংবা খৃঃ ৯৮৪—১০৭৪ ফাওবা চহি ৯০ নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি। মৈদিংঙু অসিগী সনা হাক্কক্তা য়াইস্কুল পানা মরি থায়দোক্কুনা পানা মরিগী যাত্রা মরিনা কাংলক চেন্দুনা শগোল কাঙজৈ শাম্নবা কম্না হৌখি। থোং কাঙজৈসু কম্না শাম্নখি।

মৈত্রবাক লাইগী মচা মগুনি লাইনা শাম্নবা খুদম থেন চাং কায়দনা শাম্নরি। উরিবোক্কগী লাইনা উরি কাং হেকলগা লাইনা উরি কাং শাম্নখিবসু মীগী নিংথৌরেন্দা নিংথৌ কাংবা সনা হাক্কক্তা মথক্তা লাইরেম্বী লাইরেম্বনা শাম্নবগুম মীসু লৈশাবী পাথং শীঙলদুনা শাম্নখি।

---

চোখংলগা তায়কপদা খুদোন ২ পুন্না তাম্নিয়ো। অসুম্না উয়োক মথা অনীয়ক শেংলো।

## শৌ নেংলো

মনেংতি ঃ—ওইগী খোং চোংখজুনা খোংকম ১ দা তাবগা, য়েংনা তিংনা ২ শুবদগী a থাবা সার্কল ১/২ অহু য়েংলোম কোয়রগা চোংহুনা খোংকম ১দা থাবা, ওইগী খোং চোংহুনা ২ শুবদা তিংনা নেংলো। অসুম্না ওই চোংহুনা ২ শুবদা থাবগা, য়েংনা ৩শুবদগী b থাবা সার্কল ১/২ অহু য়েংলোম কোংনা কোয়রগা চোংহুনা ২ শুবদা থাবা, ওই চোংহুনা ৩ শুবদা তিংনা নেংলো।

অহুদগী ওই চোংহুনা ৩ দা নেংপগা, য়েংনা ৪ দগী c থাবা সার্কল ১/২ অহু কোংনা লৈনা কোয়রগা চোংহুনা ৩দা নেংলগা ওইনা চোংহুনা ৪দা তিংনা নেংলো।

অসুম্না অমুকসু হন্না ওইনা ৪ দা নেংথবগা য়েংনা ৫দগী d থাবা সার্কল ১/২ অহু কোংনা লৈরগা চোংহুনা ৪ দা নেংথবগা ওই চোংহুনা ৫দা তিংনা নেংলো। অসুম্না শৌ নেংপা লোইরগা হান্নগী ৩শুবগী অহুম্না হল্লগা খোংকম অমদা খোং অনী পুন্না লেপও।

লাল য়েংও ঃ—অহানবদা ওল্লখ্বা মায়কৈহুদা খোং অনীমক পুন্না খুকউ ফন্না নীংগাংনা ফমথোও। হৌগংলকপদা য়েংলোম লৈহুনা খোং অনী ফাক্না খুদোম্না লেপ্তুনা চোংখজুনা থংনবা য়েংথংবা মাইকৈদা খুং ২ কন্দোকনা লম লাপ্না লাল য়েংও।

অয়েংবা মায়কৈদুদা অমুক নীঙ্গাংনা কমথরগা হৌগংলকপা, য়েংলোম লৈনা খোং ফাক্লা চোংথত্তুনা মায়কৈদুগা থংলবা য়েংথংবা মায়কৈদা লাল য়েংও।

অম্মম্না অমুকস্থ অয়েংবা মায়কৈহুদা কমথরগা য়েংলোম লৈনা খোং ফাক্লা হৌগত্তুনা চোংথত্তুনা থংনবা ওত্তবা মাইকৈদা লাল য়েংও। অহুম্না অকোনবদা অমুকস্থ নীঙ্গাংনা কমথরগা য়েংলোম লৈনা খোং ফাক্লা চোংথংনা হৌগংলক্কুনা অহানবা ওল্লম্বা মায়কৈদা লম লাপ্পা লাল য়েংলগা খোং ২ পুম্না চোংথত্তুনা লেপও।




**লাল কোইয়ো** — ১বা খোংকমদা লেপ্লগা খোং ২ থীগ্লগা য়েংকী খোংনা য়েংলোম শেংনা শেংনা, চোংনা চোংনা য়েংলোম A থাবা সার্কলগী শককলোমদগী হৌনা লাল কোইয়ো। খোং শেংনা শেংনা লাল কোইবা মতমদা তা-স্থ য়ুংনা লৈনা-লৈনা য়েংলোমদা লৈনা, খুত্তগী থাদোক থাদোক্লা পাক-পাক ওক্লা ওক্লা কোইয়ো। অম্মম্না A, B সার্কল থুংনা লাল কোইরগা খোংকম অমদা খোং ২মক পুমচোং চোংথংনা তাহনা লেপও।

## কবুই খোশারোন

শা থিল্লো। খোং ২ থীন্দুনা থীন্দুনা য়েংলোম ওইরোম হজং

হন্দা ২রক ওলক চংলমলগা য়েংলোম লৈচ্লনা য়েংকী খোং হান্না চোংহ্নুনা খোংকম ২শুবদা য়েং ওই তাবগা চুংশী মপান্দা তানা শা থিল্লো।

অহুম্না অমুকন্ন য়েংনা শেংনা চোংহ্নুনা ৩শুবদা য়েং ওই তাবগা চুংশী মপান্দা তানা শা থিল্লো। অমুকন্নু য়েংনা হান্না শেংনা চোংশিন্দুনা ৪শুবদা য়েং তাবগা ওইদি থুপ্পা ওইরোম রাংনা থাঙ্গংনা চুংশী মমুংদা শা থিল্লো। শারাও লাল্লাওখোন লাওগনি। সলাম্নিদি—ওইগী খোং থাঙ্গংলমম্নহ ৪শুবদা থাবগা য়েংকী খোং য়েংলোম রাংনা চোংখংনা তাম্ন য়েংলোম রাংনা শা থিল্লমদগী শংপগুম থংলং শংক্তুনা রাংনা তিংনা থাঙ্গংনা ওইগী খোংদা তিংনা লেপও।

মথংদা হকচাং লুকথনা য়েংকী খোং ওইরোম কোংনা হাইগংনা শেংনা চোংনা ৪শুবদা তাবগা তাম্ন ওইরোম কোংনা লৈগনি। অহুদগী ওইগী খোং অমুক য়েংলোম কোংনা লৈনা শেংলগা চোংনা ৫শুবদা তাবগা তাম্ন য়েংলোম লৈহ্নুনা য়েংকী শেগাদা য়েপ্লগা তাদোল লুকথনা হকচাং কোক লোম্না পুমচোং চোংহ্নুনা ২রক হম্না লৈপাক নিংথৌ খুরুম্না লোইয়ো।

মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌরোল ৬৪গী মমুংদা থাং-তা হৈবসি চৌরজিৎ মহারাজ অমসুং মারজিৎ মহারাজ অনীসিনা হেন্না হৈবা নিংথৌশিংনি। মারজিৎ মহারাজনা ভাগী থেঙ্গৌরোন শুনা হৈবা হেল্লি। অদুগা চৌরজিৎ মহারাজনা থাংগী থাংলোন য়াওনা কুপ্পা হৈবনি।

## শগোলগী হৌরকফম অমস্তুং ওইরকপা
## মৈত্রবাক্কী পুন্সিন পুরাণ

মৈতৈ লৈবাক্তা লাই হাক্তগী লৈরক্লবা শগোলবু শমদোন অয়াঙবা হায়না খঙনৈ। মসিবু শীজিন্নরকপদি থোইদুম মাজিং কৌবনা শীজিন্নরমই।

শগোলগী মথোং মরি অসি য়েংথংবা খুমাং অনীনা— লমবা তুমাবা অনীনা পুই। থুহং অনীনা লমশেন্না তুশেন্না অনীনা পুই। মচিন্দা খন্নাংবনা পুই। মনা অনীনা ষাংত্রেল লাইনা পুই, মমিৎ অনীনা অতিয়া গুরুনা পুই। শগোন্দি অহিং অমম্বদা মমিৎ উই। ময়াংলেন্দা য়াংবিরেন পাখংবা তাওরোইনাই লাইনা পুই। মমৈনা থাংজিং লাইনা পুই, অচম্বা জীব নত্তে।

মৈত্রবাক্কী শগোল মচু অমস্তুং মমিংদি য়ায়া য়ামই। শগোল অমুববু কারু কৌই। অরাংবা মচুদি তোঙান তোঙানবা মমিং লৈ।

মঙ্গে মচুদা লাংববু মঙ্গে অরাংবা।
কোরি মচুদা লাংববু কোরি অরাংবা।
অমুবা কারু মচুদা লাংববুনা কারু অরাংবা।
কোনা মচুদা লাংববু থঙ্গোং অরাংবা।
কাত্রং অঙৌবা মচু মানবনা কাত্রং অহিংবা কৌই।
কাত্রং মচুদা মুরৈনববু কাত্রং।
কোনা অরিবা, মুরপ তৌববু কোরি ঙাংলৈনবা মচু।
কোরি লৈমু—মুরৈনবা মচু।
মুরৈনবা মচুগী কোরিদি মবুক শেংদে।

অমুবগা অঙৌবগা য়াম্বনা লাংবদা অমুবনা হেন্না লাংববু থোংবৈ কৌই।

য়োংমানবা মচুগী শগোলবু তিনশিং কৌই।

ঙৌরুনবা মচুগা ঙাংলৈনবা মচুগা য়াম্বা মচুবু তুমনৌ মচু শগোল কৌই।

মশা পুম্বা ঙাংলৈনবা শগোলবু নাত্রং কৌই।

মঙ্গে—মঙ্গে ঙৌরুনবা, মঙ্গে ঙাংলৈনবা, মঙ্গে মরু।

লৈহাও মচু মানবা শগোলবু মোড়া কৌই।

মমিংসু মশা পুম্বসু ঙৌবা শগোলবু লৈফোল কৌই।

অঙৌবগা অমুবা মচুগা য়াম্বববু সনাবী কৌই।

মুনা মখোং মরি তাংববু কারু খোংদাং কৌই।

মঙ্গে মচুদা মখোং মরি তাংববু মঙ্গে খোংদাং কৌই।

কোরি মচুদা মখোং মরি তাংববু কোরি খোংদাং কৌই।

অমুম্না মৈত্রবাক্কী শগোলগী মমিংসি মশাগী মচু মমেন অমম্নং লাংবা খুংলাংগী মতুংইম্না তোংঙান তোংঙাম্না কৌনৈ।

খোয়ুম অরিবনা লাইয়াম কৌথোক্লবা মতুংদা মাঝিংনা শগোল কাত্রং অমম্নং থাংজিংদা শগোল কারু তোংহন্নুনা লাম্বা পাহনখি। মথংদা থম্নাংবদা শগোল মঙ্গে অতুগা খোরিফাবদা শগোল মোড়া তোংহন্নুনা লাম্বা পাহনখি। অমুম্না ইরুম নিংথৌদা শগোল খোংবৈ অমম্নং য়াংত্রেন্দা শগোল কোরি তোংহল্লে। ইকোপ নিংথৌদা শগোল তুমনৌ য়াংগোই নিংথৌদা শগোল

মনাবী তোংহল্লে। ইরোং নিংথৌদা শগোল লৈফোল অমস্থুং নম্বুল লাকপদা শগোল খোংদাং তোংহন্দুনা লাম্বা পাহনখি। নোংশাবনা শগোল নাব্রং অমস্থুং ওক্লরেম্না শগোল তিনশিং তোংহন্দুনা লাম্বা পাহনখি। কৌক্রনা শগোল কোনা অমস্থুং লোয়ারাকপনা শগোল মঙ্গে অরাংবা তোংহন্দুদা মাগী মাগী লাম্বা পাহন্দুনা মাজিংনা অরাংদা হাইহন্দুনা পঞ্জেলচল অদুগা থাংজিংনা মথাদা হাইহন্দুনা পনভাকহন্দুনা কাণ্ডজেবুং ময়াইদা হুপ্লে হন্দুনা অম্রম্না মুংভাইনা শায়হনখি।

শগোল কাণ্ডজে শান্নবা চুম্নবগী ইচম চম্না শান্নবা মশান্না নংলমদে। মৈতৈগী মাইচৌশিংনা মসিগী মশান্না অমস্থুং শান্নবগী পোৎলমশিং অসিদগী তাইবং শেম্বগী ভাবকা চানবা য়াম্না সাইন্টিফিক ওইবা মওংদা ভাব অসি পুথোকখি মতুদি—শৈই উগী ফুট অমদগী খর তানা শাংবা ময়াইনা মখুল ফেম্না হুৎপা মকক্ অতুদা ফুট ৪/৫ রোম শাংবা চপ তিংবা লাংরেলগী লী অমা থিংজিন্দুনা শাবা লাই কাংছান।

শগোল—মুমিংকী মভান্দি মশাগা কোন্নৈ। অহুনা শাকোন্নবা মভাল অতুদি য়াম্না য়াংনা চৎলি। শগোলস্থু য়াম্না য়াংনা চেল্লি। মরম অহুনা মৈতৈ মাইচৌশিংনা মুমিংকী মভালবু শগোলগা, উচেকা প্রমাণ তৌনৈ। অতুগা ইশাগা কোম্নবদা কান্নবা শানি হায়বগী শাকোন (শাগোন) হায়না কৌনৈ।

মুমিংনা তাখিবা মতমদা মভান্না কোন্না লৈহৌরগা মমথরক-পবু মভান্না মুমিংপু তান্নবগী ভাব লৌদুনা মুমিংকী মশক কাংক্রন্দু

মণ্ডালগী মশক ওইরবা শগোল্লা তান্নদুনা শান্নবগী ভাব লৌদুনা মৈতৈনা লাই মতৌ তমদুনা শগোল কাঙজৈ শান্নি। মসিনা শগোল কাঙজৈগী মহাই, মণ্ডাল, শান্নবগী মুংঙাইবা অমমুং কান্নবা মরম খরদং পঞ্জবনি।

অসিগী তুংদা লাইনা শান্নরবা মতুংদদি মীনা অমুক নিংথৌ কাংবা মৈদিংঙু সনা হাক্তক্তা শান্নি। শান্নবা মীচংদি নহারুপ, লাইফম, অহল্লুপ, খাবম পানা মরি খায়দোক্লুনা শান্নি। মীগী কাংজৈ খুদিংগী পানা মরিগী অথন্নবা যাত্রাশিংনা হল্লে হুল্লি। কাংজৈবুংদা খা বাংদা ফিরাল য়ুংলগা পাঞ্জল চন্নি। অথোইবা কাঙলুপ্তা পোং লান্নি। শগোল কাঙজৈ হান্নবসি মৈত্রবাকী অথোইবা অচৌবা কুম্মৈ অমনি।

মৈদিংঙু ইরেংবা খৃঃ ৯৮৪—১০৭৪ ফাওবা চহি ৯০ নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি। মৈদিংঙু অসিগী সনা হাক্তক্তা য়াইস্কুল পানা মরি খায়দোক্লুনা পানা মরিগী যাত্রা মরিনা কাংলক চেন্দুনা শগোল কাঙজৈ শান্নবা কন্না হৌখি। থোং কাঙজৈসু কন্না শান্নখি।

মৈত্রবাক লাইগী মচা মগুনি লাইনা শান্নবা খুদম থেন চাং কায়দনা শান্নরি। উরিবোক্তগী লাইনা উরি কাং হেকলগা লাইনা উরি কাং শান্নখিবহুসু মীগী নিংথৌরেন্দা নিংথৌ কাংবা সনা হাক্তক্তা মথক্তা লাইরেম্বী লাইরেম্বনা শান্নবগুম মীসু লৈশাবী পাথং শীঙনদুনা শান্নখি।

## অইবগী কোড়থয়রবা লাইরিকশিং

১। অঙ্কিপারসংগ্রহ বৈষ্ণব কণ্ঠহার

২। লন্তীথোংবাং

৩। মৈতৈ পুরাণদা লৈবাবী অবেং কৈমা চাবা

৪। লুক ভজন

৫। বসযুক্তি

৬। চিত্রপট চিন্তামণি

---

লাইরিক সংক্ষম—

শ্রীখোকচোম কমল সিংহ

ময়া ইম্ফাল কোঞ্চাক

মণিপুর।